ইং ১৯৮৪গী M. S. K. A.গী শেফংবা কোংবা

# নুংবান গোষ্ঠী লুরাওপা

অহৈবা
কোইজম বীরেন

মমল ৰুপা ৫/-

অকোংবা— অইবা

অহানবা থুংনম— মার্চ ১৯৮৫

কপি— ৭০০

ফংনন—ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা থুকাল সিং

ছাপা ওইখা শাম্নবিগে হায়নবদি খইবগা উন্নবিয়ু।

Printed at Khongnangthaba Press, Khurai Lamlong Keithel

[ লাইরিক অসিগী রারাগী লিয়াং মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা ফোংবা খেলচন্দ্রনা পুখোরকপা নুংপান পোন্থী শুরাওপাবগী লৌজবনি ।]

# নুংবান পোম্বী লুৱাওবা

## শক্তম

শক্লোং নিংথৌ— (লুৱাং পামিংনবা) নুংবান পোম্বী লুৱাওবী মপা

কৌক্রু —নামোইনুগী মপা শক্লা লাক্লোনবা

পোম্বীরতোন —চাংঙু থোঙারেলগী মমা ও অতে বা

থোঙারেল —অশিবগী লাই

শবি —লৈথক লৈমুংদা পাউ পুথোক পুশিন তৌবা

লুৱাওবা —লুৱাং পামিংনবা ১সুং ছইমুলৈমগী মপারি
নামোইনুগী নুপা

নুপী —

ছইমুলৈম —নোংবান পোম্বী লুৱাওবগী অপোকপী

নামোইনু —[লম লৈমাওবী] লৈপুং থোঙারেলগী অনোই
অতোপ্পী, লুৱাওবগী নুপী

## অহান্বা মভাং

মফম— লমী লমহাং

মতম— নুমিদাংবাইরম

কীক্রু মশাইগোম্নি। পোইরৈবতোন অমম্বুং লৈম লৈনাওতাবী মালেম খুনথোরকই। পোংবোম অমা পাইরকই। তপ্প তপ্প অম্বুম লাকপনা ফম্বাক্কী মরাই চল্লকপদা অকনবা নোংলৈ নুংশিং অমা অথাক অরাওগা লোয়ন্না মিং-মাই পাংবা ওমদমথৈ শিংচিল্লকই। পোইরৈতোন অমদি লৈম লৈনাওতাবী লম্থাংনখ্রে।

লৈম— শানৌ পোইরৈতোম নঙবু কৌরিবসিবু তাক্সিত্রাও ?
কদোমদবু চৎলুবা লম্লেন কৈদা পাংলুবা !
হাওরৈ কদোম পাংবদা লম্থাংনখ্রবা থঙত্রে ?
য়াব্রা সিবু তাবরা— হল্লকখোগবা শানৌতোম
শানৌ পোইরৈতোন, ঊৈতেম্মী শানৌ পোইরৈতোন
[হম্না হম্না কৌদুনা চংখিবা]

পোইরৈতোন— [ককডাওননা খোয়কই]
পোইরৈ লমদম কৈদবু লম্মুক্লনা হংলুবা ?
সনলাই খুনপুম ওরেংপু তাইবংনোংদা থাম্ভামও
হায়না থুম্বোক্লকপা চাংঙ্ কবি নোংদয়ো ?

লোয়া ভমলোন নকপদা কৌরিবসি তাববা
সনা ঈমৈ রায়রকপদি ভমা হনবিরক্লোনে!

[হয়া হয়া কৌরি]

হাওরৈ খা পাংবদা অমুক্তদি য়েংলুগে
ঈতৈমদি অতোনবী হল্লক্লে' হল্লকখোগবা? [চংখিবা]

[অমনস্থু কৌই অমনস্থু কৌই, কৌইন অ-িমক ইভা তানদে— লৈম লৈনাওভাবী থোরকই, নোংমুংশিংকী জাংলম্বা পুম্নমক নেমথখি]

লৈম— খুনিং মোইদোন কাংহুনা খুবাক লাইখন ভাহুনা
মাইকৈ ভরা কোয়হুনা মিংয়েং শাংখৈনববু
মিংকী মিংলি চোকথরে চেংলো শকস্থু তামথবে।
য়ামজেম লাইবক থিবনা চীংঙু থোদাং থোগাইবে।
লম্মুক্লবা লমখাইসিদ লমনন্দুনা লৈবগে।
শানোতোন' মাব খোঙুল কদাইদবু থিরুনি
থম্মুং লৈবাক লৈশিংভ অরাবদি লৈভেদো
মালেম খুম্থোক্লকপদি অরাবনা লাঙ্গাই চল
খায়ন মৈশা লাংহুনা পুন্সি পস্থু পাংদোবি।

[হকাম চল্লস্বদগী উইহুনা লৈরি]

ঈশৈ— [মনুংদগী] মপোক লাংওন অমদা
মুংশি ঈচেল ভংখিবা
মুংবান ে াম্বী লুর েবা

হুংশি য়াইথুংনভবো॥

শলাই তরেৎতুদগী লুরাং শলাই শমবা
চৌংভুবা মাগী থৌদানি নোংদম্বা মাগী থুংশেম্মি।

হুংশি পরৈ লাক্কুনা ভাইবং পান্দ লৈহৌখো
খয়ুম মানা শিনবনি চৌংভুবা থৌদা পাংহৌখো॥
[মিকপ থোরকই]

হুংশিরবা ঈশৈমা মুক্তা মাপদা চিরোমম্বা
"হুংবান পোম্বী লুরাওপা লুরাং শলাই শমবা
চৌংভু মতাং ভৌহুনা মালেম খুন্থোকহল্লকপা
কার লংজবা লৈহুনা মালেম তাইবং পামবগী
অপাম হুংশি হুংশিবগী খায়ন নৈশা লাংহনবা
তাইবং নোংদ থারকপা পাইম পুক্লুং লিবৌই।

[ নৈম নৈনাওভাবী য়াম্মা হুংগুক হুংজ্ঞাননা লৈরিঙৈ কৌক্রু
শগোলদগী কুমথরক্লগা য়াম্মা তপ্প তপ্প চংলকই ]

কৌক্রু— পোইরৈ অভাম্বদা মিংবা কায়হনা লৈদিবী
চেংলৌ থৈন লময়োবী লাইরেমরা কনানো?
নক্লগনা নহাকপু নমু তাইবং মীরনে?
[খুমদে, হুংভাইভনা লৈরি]

পাইম হুংগুক হুংজ্ঞান নদোম তরক লেপ্লিবা
পলেম কায়ন য়াওত্রা নপাং শেংন লৈবরা?
লংমেন লনথৈ অসিদা লমদন্দুনা লৈদিবা?

লৈম— পম্মৌ লেংগা মাল্লবা করি য়াবা চৌঙ্গোইনি ?
শানৌত্তোন পোইরৈত্তোন চৌংঙু থোডাবেল ময়াথং
মালেমদবু খুম্বোক্লু খুম্বোকমিয়রকপনি ।
কল্ল নোংলৈ সুংশিংবা শমজ্জি থাবন লম্মাংবৈ।
কৌক্রু— কোরৌ শিংবুম কয়ানি পাইম খুম্বোক থাদ্বা
থাশিং কুমশিং কয়াবু ঙাইগে থম্মা লৈরিবা ?
শানৌত্তোনবু থিজবা থিকম থোকপা মচৎনি।
পোইরৈত্তোনগী মপাঙ্গবু কমাদবু হংলুনি ।
মালেম শিন্ন পাঙথাসি পোইরৈত্তোনবু কংনা।
থিরক্লম্নু মানস্নু ভাইবং শরা শন্দুনা
লম্বেল লমতুপ অসিদা ঙাইরুবনা কায়রোই।
লৈম— লম্লেন লমদম অসিবু করি কোলোয়নবগে ?
লৌক্রু— কৌক্রু ঐগী ইশাইগোল কোবা লৈশালোক কৌইদো।
চেংলৌ খৈন হেল্লবা য়াবা কোলোয় সুংশিবা
উক্রু-ভাক্রু বাংলেন্দা পাইম পুবা য়াদেদো॥
লৈম— মোয়্লু ওইবী য়েংলগা করি পুক্লো বারৌবা॥
কৌক্রু— করি হায়না বাহোনী ইমোম শকপী নহাকপু।
পারি শাক্তে ঐহাকী শয়েং পাম্মোম তিংনবা
ইমোম ফুইদে ঐহাকী ভুংগী ইক্ল থুনবীনবা
য়ামজেন লাইবক থিবনা থেজুল ঐগী মুংলনি।
ইমোম শক্ল লাক্লোমগে পাইনা করি থনবগে ?

লৈময— পম্হৌ শকপা অপোকপা করিগুম্বা মোং 'মদা
　ানিংজবা মপা লাকপদা নিংজগদি থুংলবা
　খঙবমী মাযোক্ক করিগুম্বা লৈবা থোক
　নরা ওইবী নুপীজ্জাই রাখল থেনবীনি শক্ন
　নমোম ঐবু ঙাকপিয়ু রাগী রাপা লোয়বদা।
কৌত্রু— ইমোম শকপী নহাকপু মীত্তোপচানী খন্নেদো
　ইমোং নঙগী কোলোয়দি অম্মুম কোলোয়নয়মগে?
　কৌত্রু ওইবা ঐহাক্না লাঞ্জাঙ্গৈবু খঙনবা
　'কৌত্রু' মীংলেন 'সিমগা—'না' থৈতুনা চংনবা
　'মোহ' থেম ভোনা খারকপী নুপীজানী খঙনবা
　কৌত্রু নামোইগু কোলোয়গে পাইম পুক্লিং খোয়দাক্না?
লৈময— [হরাওনা] পম্হৌ নমোম ওইবীবু কৌত্রু—নামোইগু
[মুঙাইনা হরাওবা]

কৌত্রু— ভাইবং খুম্হোক্রুকপদা চাদ-থক্ক হকচাংনা
　পাইম পুক্লিং ভনিক্ক চরি চকম শয়দ
　শদো থোংন লাকপদি চনিং ভাবা পোথাসি
　অহুনীস্থ মথক্কা ইয়ানয়াইদা লৈহৌবী
　•লৈম লাইরৌরেম্বীন, কয়াদযু হয়াওনি?
　য়াঙ্গোইরসিদো ইমোম ভরা হাওনা চিন্দমসি।

— মঙাল শামখিবা—

# অনিঙ্গবা মতাং

মকম— শঙ্কোংনিংথৌগী শঙ্গাই।

হুইমুয়াকপী খেঙ্গোংলাদা থোক্লুনা কাপোম অ.না হুইন্নি অমা পাইহুনা লশিং কাপ্তুনা-লৈরি। নোংবাম পোম্বী লুৱাওপা মুংপাক অমা পাইহুনা চকচাং শাজেন তৌরি— পোথাই চংখিহুনা কাংজৈ কাংছ অমা পাইহুন থোরক্লম্মী।

হুইমুয়াকপী— পাম্নি মুংশিথোইবদি মুংবান পোম্বী লুৱাওপা
লম্ম্নেন লমদম কদাইদা পাম্নি খোঙদোয় হুনগনি?
তম্না চক্ষম ফারগা নোংমৈ থৌদাং পাংঙ্দো।
শিন্থা শিনগাওনগন্মু শিল্লম তনা শিন্বাংলোই।
লুৱাওপা— ঙসি কৌবা মোংজাদ তম্না মীয়ক তিন্নুগে
পানা কাংজৈ শিংনবা ম্নাওজক্লগেনে পলেম।
হুইমু— কাম্নৈরে য়েনবা লাবনা মতোক মম্নেপ মঙালনাই
য়েনথোং তনা খোংলকাও মপী ওইবী অহুনা
য়েম্নাওঙুম্না শেজবা পলেম মচৎ ওইবীনি।
লুৱাওপা— পাইম পুক্লিং পুঙথদ পলেম পাখংপিগন্নু
পাখং পাম্নেপ কাহুনা কোম্নৌ নোংদোল তম্নক্লে
নবা শকফম তম্ন তাম কুমজা কয়া তামহৌরে।

ছইমু— মপন পম্বৌ লাকপা ঙাই ভরা চকম কাখোও
ভাওদনবম্ভু চাকরাইত্রি মচাং পুংকম লৈরিদো।
— লুরাওপ চংখিব —

শঙ্কোং— [চংলকই] ছইমুরাকপী মুংশিবী, য়েম্নিং থামা লাকপদা
পাইম পুক্কিং নৌহৌন উমবী মরাং য়ৌইদা
চৌংয়া ভময়া পুম্বদা য়েম্নিং থুমু ছল্লকপা
কংলয়োইদ মাংলমচং কংনিংইদ,— লাক্রয়োই।
মুঙাইবনা তামহৌরে অরাবমা মাংওইরে॥
ছইমু— লাইমা থাবা কুম্নশিংবু মমু পোংমা খঙবরা
পারি মদম পোকপনি মাংদ তুংদ ইন্দয়ে
ভাইবং লোমচং হৌনবী ময়ুম মকৈ পাম্লসি।
শঙ্কোং— আঃ চুম্মীনহে ছইমুরাকপী হৈগী হৈরেপ কায়ক্লে
ভাইবং লৌশিং শুরক্লে পাখং শবেপ কায়ক্লে
ভা লাই তুইম তম্নবা মতিক মপা মপা চাবেদো।
ছইমু— কোয়না চংপা পন্থৌনী লৈশক লৈচু লৈখোইবী
লৈনম চেনবী খোঙ্গুল লি মিংয়েং শাংথৈনক্লসি॥
শঙ্কোং— [নোংদোম্বা কোয়য়েং য়েংলগা]
ভরা চয়োম য়োমশিল্লো খারি লবুক পাংলগে
কুমগী নোংখোং কনবমা খারি লবুক তম্নো হায়,
লৌরাং শিম্বা পাংলো হায়, পাঙথারক্লে নোংদোন্দে।
[নোং খাংবগী মখোল]

হুইমু— তরা মুকলেন মথেনম্নু থৌরাং ওম্ম লোইজরে।

- শঙ্কোংনিংথৌ চংখিবা—

লুবাওপা— [কাংজৈ কাংছ অমগা লোয়ননা থোরকই]

ভর চকম ওইরেদো পলেম, খোঙদোয়জ্জরগে।

পামা কাংজৈ শিংনবা মাই পাকচগে লেপ্পমক॥

—চৎকে তৌবা—

হুইমু— [খাম্না] পারি নঙবু ঙাইখোনে নপল পম্মো পোকপনা

অচাও লেপকারে পারি, আশাং লমঙম লাপনিনা

মুংবাম শলাই মুত্তনবা নপুক্কি না থোয়দাবা

চম্নু নিঙোল অমদি য়েংশিল্লু হায়দসিরা?

লুবাওপা— [ইকাইনা] নপাখিনা থোয়দাবা পলেম পম্মো অনিগী

পাইম পুক্কিং চানবা ওইগজনে পলেম?

অপাম্বনা কজবা থোয়দাবনা মুংশিবা

শাঙং শারেপ মাইদবা ফজবগী মওংনি।

—ইকাইনা চংখিবা—

হুইমু— মঙা তরা থোক্ক থম থোয়দাবদি থনগনি।

ঙাইবং হৌন লিচংক্তি থাদফদে করিনোং

পারি পুক্কিংনা থোয়দাবা চম্নু নিঙোল অমত্তং

মালেম ঙাইবংপানসিদ শেমথিজবোই মোংদম্বা।

শঙ্কোং— [থোরকই]

লময়.ইদা মুক্কম শোল্লিবা— করি হায়নজে নৈম?

হঙু মাঙৈ কাবনা অমং থ'র কুমহনা
অতাং নরা মওনথি পাম্রি নরা ওইবনা
পলেম পম্মো মহুৎ শিন অমুক য়ুমলিংহৌগনি।
পুন্সি মাগী য়াওম্রি মপু মাগী শিঙ্খানি।
হুইমু— থয়ুম মানা কুখিবা পাম্রি ইদোম পোকপনি
পম্মো মখোঙ য়াম্বনা কোয়না চৎপা ওম্মীদো
পুক্নিংনবু থোয়দাবা চেংলৌ শকথোক্তনরবী
শগাই-শনাইস্থ শাথায়ব অমত্তংদি থনবিয়ু।
শঙ্কোং— হুইমুবাকপী, চুম্মীহে! ইথোক য়াম্বা হুপানি।
লেম নওস্থ থল্লুদ— প্যারি পুক্নিং' পামজবা
নতুং নম্যায় কনাই য়ম্মোম ফুহবা য়াওবনা?
তাই-শেনন্ন ওইক্সবা চম্ম নিঙ্খোল থারকগে।
হুইমু— নিং শংবদি হুমঙ্গে মমি-শামি ওইনবে
থোয়নৌ ঐগী ইতাম্মোই—পাইম লংজিন বিগ্রে।
শঙ্কোং— মতম লৈরি থমবে ওসি হয়ুং নঙ্গস্থ
থারি নবুক নময়্যাইদা হান্নৌ পুমশ্নং পম্মঙ্কোম্বু
চোয়নৌ সনা থোয়বাক শা মচে-মরোং চুম্মা, মম
মোংবা ইরানিয়াইনস্থ ওয়া পেশিন্নবা তুং
লোইপাম্বাম্ব্য জোয়মনা থম্মোই জৈয়াং মহোন
পুন্সি পামেল লিংনবা শিদবা মউ থাসি।
হুইমু— চৌংও থোয়য়ুম ওইবনা হুংশি মপাত্ত য়েনকপা

য়েম্নিং খানা লাকপদা মথৌ-মওম পাংনবা
পুক্লিং হিরি কোনবিরো—শোয়দকদে মত্তাঙুম।
শক্কোং— থবক কল্লি কাওক্লরে—পারি রাখল তৌক্নিডে
খারি লৌবুক পাংলগে মহৈ মরোং য়েংলুগে।
লোইবী চীংয়া নাপদা য়েম্নিং থুমু ছুল্লকপা
য়াওরৌ শক্তি শঙাংহন্নু, পোম্বী চেক্লা কান্নদো।
ছইমু— ঙাইবিখোও, কারগী ভহা ভহাবিবগে?
পারি পোম্বী লুবাওপা শাম পাঙ্গল চাংরক্লে
পঙ্গৌ ওইবা মহাক্কী মজুৎ মরেং ঙম্লগান।
কোরৌ নোং 'নদম্ভ পারি মাবু থাবিয়ু
পারি পাঙ্গল চাউবগী মুঙাই-খোক্ল লৈবিয়ু
শক্কোং— পাঙ্গল ফঙে পাংঙম্বা পাঙ্গল লৈত্র পুথবা
পারি মানা চৈক্তাক ওই পাংখোক্কনি পুন্সিগী
পাংঙমদ্রবা কয়াবু—পুক্লিং পোথাজহনা
পারি মদোম পোকপনি মুঙাইসন্নু কেদোই
শিম্ব', শিঙ্গাক্কত্রম্নু মপু মাগী শিম্বানি
নমু তাইবং ঐখোয়দি শিম্বা পাংগে লাকপানি
কদাই চয়োমদে—খারি লবুক পাংলগে
ছইমু— [চয়োম পুখি
চাক চয়োম নত্তেদে'. পুন্সি চয়োম কাওবিহু।
পুন্সি চয়োম নত্তেদো মুংশি খোঙা' নিংবিয়ু।

- মঙাল শামখি—

# অষ্টমশুবা মতাং

মফম— কৌক্রুগী থেল অমা

মতম— মুমিদাংবাইরম

নামোইমু— [মতোমতা শোজবা]

শাংকাইরবা নৈরা না পোমশাংমবা ওইনিংবা
নাকেন থাগী শিংডেলনা য়েম্নিংথাবু মিতাবু
'মুক লাক্লিবা মপোক্লু হৌগ্রববু মিতাবা
তাইবংপানগী মুডাইবা—'মুক হল্লক্লে মৌহৌন।
কাওখরে ঐ ওমমক ঐহাক করি ওইরম্বা?

[পুক্লিং মকা লাম্না হরাওই]

ঈশৈ লোইবী চৌংগী থমগোল অঙাওবা
পাম্মুবা মকাদ ভগীরু
মুংশিবা ঐগী ঈপাউসে
মুংশি শকথংমজগে
থম্মোইমুংদা লাংচগে
মঙলান চাগী মুংশিবা
তাইবং পান্দ ম্রাইথুংমজগে।

—হরাওনা নৈশিনথি—

মুরাওপা— [খোরকপা, খোজেল মতুং ইল্লকই]

পাইম পূক্লিং তুপ্রেদ লমদম কৈদ শকখিবা
সুংশি য়ারা খোঞ্জেলনো খোঞ্জেল খোঙ্গাং খোনৈবন
লোইবী চীংগী খেঙসিদ কদোমদবু মা়ঙ্গবা
লাইবক খিব মপোকনি তুংয়ান তাবা য়েংলগা
মপুং কাবা লৈরাংগী চেংলো শকপু উজখিং।

—কোয়খি থিবা—

ও! অতাম্বদা উরিবা তবি তবি চেক্লিবা
পূক্লিংমবু পামজবা করাদ খোয়দাজরিবা।
লুংশিজবা মহাক্কা থম্মোই থম্মোই শিন্নবা
পুস্সি লৈপুল শেম্ব থোক থম্মোই ঐগী পেঙ'ন
অমং য়াইখোং কুমকাও লুংশি মতুং ইনতমনি
লুংশিববু উ পূক্লিং অপাম 'সিমতং
কোংদোকচবা ওমবা করান হরাওজগবা
লুংশি থরাই থোক্সালক ও মায় খোঙ্গুল লিকগে।

নৈম – [খোরকই, তুং হমা য়ে.ই]

ইতুং ইল্লে পাখংলি. নর্ক ল্লক্তে তম্নিকই
পূক্লিং চাংজো ঈপাক্ত লুংশি ঈথক হোরকই
থামহৌক্তে থজাবৈ খাম্নিংবনা খৌজংলৈ
করিবু হায়রক্লগা করি বাবু থুমগনি
ব্যহৌরক্লগা লুংশিনা বাবোইগক্সা বাখওন।

[মরুম অমদা লোংশিনখি]

লুরাওপা— খাম্বী নৈনা মৈঙাল পি তাংলো নৈন থেংবদা
অমম্বম্ মকিবা খাম্বী মৈম্ মকিবা
মুংশিববু করিনো কাম্নবনা করিনো
কাম্নগনি খন্দুনা মুংশিববু লেংলগ্রা?
খাম্বী মৈবু কিহুনা অমম্বদা নৈগগ্রা ?
ও! অতাম্বদা নৈরে—তাংদাংবদি খংলগে।

—চংখিবা—

নৈম— অহাম্না উবমতদ নৈজ পুম্বা কংগ্রবী [থোরকই]
খয়ুম কমাই থৌশিম্নো চেংলো পুক্রিং হুরিবা
অপাম্বনা পামদ শা মুংশিবনা মুংশিদ
ওইন চাউবা মচৎনা মমল লেপকে খল্লেদো।
চেংলো শকক্ষম হোংঙমদ মিংলি চোকথ খঙদব
নোংশা শাবান মাল্লিবা চুং-কিরালবু চারবা
মুংশি মাগী মকাদ পুক্রুং অপাম' ঙমক
কংচ ফংল কৈগুম্বা মহৈ য়াল্লে খঙনি
মপোক লাংওন 'সিমগী খয়ুম মঙনা কুবিয়ু।

[থুরুম্বা]

লুবাওপা— মিংজনগী পামেন্দা মুংশি কাম্নদোংবিরম্বী
লেপ্পবনি নমাংদা য়াইবী থরাই পোম্বা ওই
মঙংলাংগী মুংশিবী পাংজদবা পাখঙনি
থোম্নেন মিকপ তানবদো মুংশি মঙকাওনবিরো॥

ৈলম — [ভগ্ন য়েংখংলকই, পাখংলি, কি-মুংশিনা]
[ঈকাইমনা মিংচাই] — শোম্বাংনবা —
থয়ুম মানা কুখিবা মঙ্গা-চাগী মুংশিবা
— চেনখিবা -

লুবাওপা— লৌনম য়াওদ মুংশিবা, ভাংনা শেম্বা থম্মে'ইনি,
পুক্রিংদা ঈরাং হে'বা মুংশিবগী মতৌরা
ইরাময়াইদবু হল্লগা পলেম পম্মৌ ওইবদা
হায়সি হায়র খঙহে'দে— কনা করিনো মাবু ?
মুংশি :খাঙ্গুল লিকপে ওসি কৌবা কোরো নোং।
[ভায়খিবা]

— মঙাল শামখিবা —

## মরিশুবা মতাং

মফম— শঙ্কোংনিংথৌগী শঙ্গাই

মতম— অয়ুক

শঙ্কোংনিংথৌ তুম্মুবদগী হৌগংলকই,
অহানবমক্তদা কোনৌহনবগু থুরমজরি।

শঙ্কোং— [তুম্মিন্না এশৈ শিল্লগা]
"য়াইময়াই লাকিবেল তাউনপা।
তাউরোইনাই অঙাবপা
মালেম লাংচৈথ অথৈপা
তুমিং সনা তাউজনপা"
মচাং পুংফম ওইরিবা
তাংজ লুরেল ঙামা, নোক্লুকচরিয়ে
মপু নিংথৌ শিম্বা পাংবা ভম্বা থৌজাদবীমু।
ইশানৌ তুইমুরাকপী মতবু তারিব্রা?

তুইমু— [থোক্কই] করি তাকশিগদবা?

শঙ্কোং— ভবাং তাংলৌ অশিমা পারি পোম্বী লুরাওপা
মরা মশিল তাদবা থোংবা কনাই মশাইদা
মাইরেক নোংকাইরমগবা, কদাইদবু থিকসি।

ভৈমু— পাইনা থাবা মচানি পারি ইদোম শাংপনি
মরক-ময়া মাংকরোই চৈংড় মানা কুবিনি।
শঙ্কোং— পারি ইদোম পোকপনি খোঙ্গুল লিদ য়াত্রিনা।
পোইরৈ কনা মীতোপচা মাগা লোয়নখিরিবা
কনা শামাল লেংবা যবা চৎথিন্নবি হায়গে
কয়বা ধাংলেন্দবু পারি খোঙশানখিবনো ?
ভৈমু— পোইরৈ কৈদ কনাইদা অহিং মাইরেক তনখিব্রা
পারি মাগী খনবদা পাইম মু বংনবা
খোয়েন মিকপ তাঙদে—করি কবন খোক্লগা।
ঙসি ইঙ্গুং ঙাক্লফাও পারি খোংধাইরক্কিবা।
শঙ্কোং— খোয়েন মিকপ তান্দ্রগা করি খম্মোই সুংনাংবং
পারি পারেপ ফাবকাও রারক রাতেয়দ্রবা।
ভৈমু— রাবক রাতেয়বদি মপন পঙ্খৌ শক্লক্লি
পলেম মমা ওইবগা চাওননবা য়োক্লক্লে
মপাঙ্গলবু চাওবক্লে মপন পঙ্খৌ ওইবৈ
মঙ্গং মরেং শিন্দুমা থবক থৌরম কয়াবু
পা খোক য়াজব মানা মতম্লুদি ওইরক্লে।
পলেম ওইবা ঐহাক্লা তঙনবু পাউমেনহৈ
রারক রাতেয়বীনবা—হায়করগা হয়াহে
পারি মদোম শাংপনি লমকেং লমকাইহনবা
পঙ্খৌ মঙবা শঙম ওই পারি লমহেনবনিরে।

শঙ্খোং— পোকৈ হাকু ভামদেম, পারি লেংমান্নবা খি
পারি মদোম পোকপৈ খোঙ্গুল লিদ য়াত্রিনা।
থিজেং ফিজোল অংনৌবা হোংলুত্রিবা য়াত্রিনা। [চংখিবা]
লুবাওপা— [চংলক্ত, কিন] পলেম অপোকপী!
ছইমু— পলেম হায়বা চীঙ্গোইঙ্গু অতুক লমকেং লমহাইবা
পলেম-পস্তৌ ওইবনা খঙ্গগা রাখলগা
পারি ওইবা নহাক্না ওইরক্লিবা মওংগা
থাগ' রাংগা ভায়বা কয়া তৈনখরবা
পানব মঙবু ঐখোয়গী মতোপ শলাকচা 'মাংদ
লেঙজগে খঙ্গগা ভাংজ লুককুদৌবে॥
লুবাওপা— হাকপগনি অপোকপা লমকেং লমহাইনজদে
নৈকাই ০ন্নালুবগী ইপন পস্তৌ ওইবমা
অশাও খাস্বী মৈরাইবা মৈশা মৈরাইরবরা?
ছইমু— ভরাং কোবৌ চুপ্পা 'মা মোংবা ইরানয়াইদবু
পারি খোঙ্গুল তাদবা অশাউ খাম্বী লাংবনি
পস্তৌ ঈশৌ লাংবনা পলেমদবু ভাইনবা
পলেম ঈশৌ লাংবনা পারিদবু ভাইনবা
পারি রাবৌবরনে? মোংবা শঙ্গাইগুংদবু
ভৈহাক পোথাজকবো—ভাংলৌ অদুক শাংবনু
লেংমান্নবা কনাগী শান্নানবা শঙ্গাইদা
পারি মঙবু লেক্কুবা য়ারা ফিগে শেংউনে।

লুরাওপা— পলেম 'মা অপোকপী—ঙরাং কৌবা নোংচুপ
    পঙ্খৌ চাম্ন ইঙারোই ঈপন মাগী মশাইগোন
    অহিং 'তুমা য়াইরেক তম লৈকাই পল্লাল্লুবান।
    মপারি ওইবা ঐদি লমকেং লমহাইনঙ্গদে।
চুইমু— পঙ্খৌ চাম্ন ইঙইরোই কনাই মকাপনোনে?
লুরাওপা— কৌব্রু মাগী মকাদা— "কৌব্রু ঐবু শাওরম্লোই
    মাকলৌরেম্বু চৈরম্লোই ঙসি কৌবা নোংসাদ
    ঙরা চাকপু চাখরো।" থাম্বীতুনা ঐহাকপু
    মোংব মাগী মরানয়াই অহিং নোংফাইরকপান।
চুইমু— কৌব্রু মাগী মনাক্ত—লাইরোকলেম্বী মাকবু। [হরাওই]
লুরাওপ— অহূগীস্ত মথক্ত তরা চাকপু চারিবৈ
    কৌব্রুগীদি মমোমলোয় কৌবরেলাদ মামোইপু
    চেংলৌ শকচেনবীতুনা মপারিবু থামতুনা..........,
    মপু নিংথৌ মকাদ নোংলেল্লকপনি অপোকপী।
চুইমু— নৈম লাইরোকলেম্বীগী মমোমচাদি মামোইপু
    চেংলৌ খেন কেল্লিদি অরাংপাদ লৈরিরোই।
    পারি পোম্বী লুরাওপা— চেংলৌ খেন কেনবরা?
লুরাওপা— কৌবরোলদি মমোইপু পাইম পুক্লিং মুংজংবী
    তিল্লাং ঐগী খোয়লাকী তাল্লাই তুনুংদি ওইনা
    মপার ওইবা ঐহাকী থৌরাংবিযু অপোকপী। [ইকাইবা]
চুইমু পারি ইংাগীদমক খোয়নৌ ইত্তাই মকমদা
    হয়েং কৌবা নোংদবু মমোম পিযু হায়জগে

পন্থৌ ওইবা মহাক 'মুক্তদি ভ'মখিগে।

—লুরাওপা ইকাইনা চংখিবা—

[মহুংদগী মপাগী খোঁদেম্বা, খোরকপগী খোঞ্জেল তাবদা চংখি লুরাওপা।]

শঙ্খোং— শামৌ হুইমুলৈমও! খেঞ্জোং লাংদ ল্যাংলিবা পারি পোম্বী লুরাওপা হসরাইররুবনে।

হুইমু - হলরাইরক্লে ঙসাইনা।

শঙ্খোং— হাঃ করি, হলরাইররুবা [খোরকই] পারি পোম্বী লুরাওপা কমাইদা য়াইরেক্রুবা।

হুইমু— [হরাওনা] খয়ুম মানা কুবিরে।

শঙ্খোং— হা—করি কুবিরবা ইচাগী য়াইফমবা?

হুইমু— ঙরাং লাইরেল মোংজাদ পুরা চমু ওইবীশিং তয়াম ঔগ্রী মুংশিবা খুতুং সিবা চংলুবা কৌব্রু মাগী মশাইকোন মোংবা মরানয়াইছুদ তরা চাকলেন চাতুনা পারি মোংফাইরকপনি।

অতুগীম্বু মথক্ত ..............

শঙ্খোং— অতুগীম্বু মথক্ত, কৈদৌবা, তম্মু তাসি।

হুইমু— অতুগীম্বু মথক্ত, পাবি মানা খোয়দাব। কৌব্রু লাইরোকলেম্বী.গী মদোম ফুইজ নামোইম্নু চেংলৌ শকপু উরুব পাইম খোয়দাক্রুরমালে তাম্নোই তুম্বুংশি ওইনবা.......... ।

শক্কোং— [হয়াওবা] মুঙাইরে, ময়াইকরে—পারি ইচাই খোয়দাবা
চেংলৌ থৈন হেল্লবী— ইমোম মাগীদমক্ত
নিংথি' লৈরাং খন্দুনা অক্ত হৈবাং খন্দুনা
হৈরাং লৈরাং পুহুনা পারি ইচাগীদমক
মুমিৎ কব' য়েংহুনা ইমৌ হ য়বা চংলসি।
হুইমু— কৌক্রু মাগী মমোমন মুমজিন কাকথৈ থাহুনা
তুমাং উরোং খিনজিবা শোয়দনমক্তী ইচাদা
মচা থাজরক্তনি— হায়রুবদা চোপলোইয়ে।
খোয়নৈ মাক্ত চত্তুনা মমোম পিয়ু হায়রুগে।
শক্কোং— পারি পাইম খোয়দাবী চন্নু ও'বী অচুগী
পলেম পঙ্খৌ মকা তম হায়জবত্তা মথংগে
হৈজিং খরায় থন পু য়ারেপ য়াখৈনরুগে।
পারি পুক্লিং পেন্নবা চীংঙু মানা কুবিসন্নু।
হুইমু— শাবী-শানৌ অনিসি পুক্সি লৈপুন শেমহুনা
নোংদম্বনা থৌজ্জানবা পিনবীসন্নু এখোয়দা।
শক্কোং— চৎলো অচুদি— তরা লুক্কোই লাংলুয়ো
মঙাং পুংকম লামখ্রে— থুমন পুংকম চকয়াইরে।
পারি ইমোম অনিনা পুন্সি লৈপুন শেমহুনা
পোইরৈ তানা থুন্দানা শনাই অসি শন্নবা
চীংঙু মাগী মথৌদাং পাংথোকচবা ওয়ূবা
খয়ুম মাগী থৌজালবু য়েংলসিদো শানোত্তোন।

— মঙাল শামথিবা—

## মঙাঙ্গবা মতাং

মকম— হায়নগী শঙ্কোংনিংথৌগী শঙ্গাই।

মতম— অয়ুক

সুংপান পোম্বী লুরাওপা অমস্তুং কৌবরোম নামোইস্নু
লুহোংলবা মতুংদনি। ইকুই কুইঙিরিগী রানি।

লুরাওপা— শানৌ নঙবু ফংজবৈ পাইম পুক্নিং থুংলেদো
অপাম্বগী অপেনবা সুংশিবগী সুংনাংবা
ঙম্ব লোইনা কোকপ্রে পুন্সি লৈপুন শেম্নবৈ।

নামোইস্নু— নিংজবগী পামেলদা য়েংচনিংবা উরিনা
তাংজ ফব ফংলবদ য়েংচরেনে উরিনা।

লুরাওপা— শকখং মাইখংনবদা থম্মোই তেংবা পিনবৈ
লৈজু পুম্ব কংপ্রবা সুংশি নঙগী মকাদ
করি লৈরি ঐহাক্কী ভরং মালং মতুনা।

নামোইস্নু— শাংল পুন্সি অসিম পাম্মু কাদ লেপ্পবা
থয়ুম মাগী মকাদা নিজরিনি থুবাং লোম।

লুরাওপা— মীনোক চাউবা ভাইবংদ শানৌ ওইবী নহাকপু
থুজেং পালোয়মতুনা লেম্নজবা কংবসি
মপোক লাংওন কয়াদ— ভংন থাম লৈনদ
লৈমিম্নবা কংজবা থাবল থরো পাংখকনি?

শাংচগেনে মকা লাম মুংশি নঙগী নপাল ভাং।

মাঘোইমু— মুংশিবগী থৌরিনা পুন্নবদ ভাইবং পান
অন্নাবনা কল্লকপা মুঙাইববু শিংনবা
অরা-মুঙাই মুক্রবা নমু ভাইবং হকচাংনা
অরা অনা পুঙমদ ওয়-থোইনা থাংবদা
শমু হকচাং পুম্বসি চোকথরবা রাঙলেন্দ
মুংশি নঙগী ভম্পাক পুন্সি পিথয়ুজবা
পাম্মুবনা কংহল্লু—মুংশি কাদ পাউমেঞ্জে।

লুরাওপা— মুঙাইবগী ঈচেলদা অরা তোরৈ থেংনবা
নমু ভাইবং হৌনশা তাইবং ওইবা খোঙচংনি।

হুইমু— [চংলকপা] পারি পোম্বী লুরাওপা।

লুরাওপা— পলেম ইমা অপোকপী—কৈ য়াবা চীঙ্গোইবীয়ু।

হুইমু— পারি ওইবা নহাক্তি শাম পাঙ্গল চাওরক্লে
নয়ুম নকৈ লেপ্লেদো পাথং ওইবা মতমগী
ফাঙমদবা পুক্লিংগী অপাইবদি লৈচিলগুম
মালংদবু কোয়পাই পাই নমিং তম্না শামবা
য়াত্রবনি হুজিক্তি। পলেম পম্থৌ ওইবগী
ভাইবং মথৌ মঙনগী অর. পোংলুম কোকথোংন
মহুৎ শিম্নি ঐথোয়গী মহু থঙনা চংলুদো।

লরাওপা— পারি নবা ওইবনা কৈগুম্বা নোং অমদা

হিরোক্তাকচবা ওস্বগে—তাইবং পুক্লিং ফাওমদবী
মঙালগুম য়াংনা পাই, নমু হকচাং ওইবনা
পুন্নবনি খোঙসিদা তাইবংপাময়গী চৎনবী
থৌরিনবু পুনবদা মঙম শানবা ওমত্রবা
মখোঙ য়াম্না পান্নবা শাগুম তপ্ন চৎলিদো॥

হইমু— ইমোম শকপী নামোইমু ইনেম থবাই ওইরিবী
ইমোম নঙবু তাবরা পুকমেন পাওমেন্নসি লাও।

নামোইমু— তাকপিমু পলেমও! করি য়াবা চীগোইবা

হইমু— মুপীজাগী পুন্সিদি মথিগুম্বা মঙংনি
মঙাল মানা য়ৈবদা 'মিনা শকঙং কন্না লৌ
অনৌ-অনৌবা মঙংগী শকঙং শকতম লৌবগুম
মরা মপুরোইবগী য়াবা খুহৃং ইন্দুনা
য়াথল লিচিং থাহুনা পানমিন্ননি কাওকদে।
পারি মাম্মু অহুমঙাই, ইমোম নঙম্মু য়াওবনি
ভৎন-থান য়াত্রবা মুপা-মুপী মরিনা
তাইবং পানবা শেম্বনি— শগাই শলাই কয়ামা
শেম্বী মপুই য়াথং লৌ থৌদা পাংথোকচবনি
তাইবং ওইবা থম্মোইনা শেম্বীববু কাওকদে।
অতৈ লাইরি ইমোম পম্মৌ ওইবা মহাক্লী
থারি লবুক কুমথিবা হলয়াইরকপা য়াংলেন্দি
মৌরক্লনি ইমোম। তরা লুকোম লাংনবা

থৌরাং পুম্বা লোইরক্রো। পলেম ওইবী ঐহাক্না
ভরা চমলৌ মনা-মশিং মথেল লুকোয় লাংলুসি
শিম্বা শিল্লম থাদোক্লো মণ্ডাং গুরু চকরাইরে।

—চংখিবা—

লুবাওপা— খম্বল্লবা থম্মোইদা খাম্বী মৈহৌরম্বদা
মুম্বা মুংশি রাইহনা ইভা নোংবু ওইহনা
ঈংন চিক্ক লৈরেদো— মুংশি য়াচল লাকখ্রবোই।

নামোইম্ব— খণ্ডলেম ওইবা মহাকপু কৰি হায়না হায়সিগে

—হকচাং মুভাইভবা—

ছসি কোৎবা নোংসিবু শমু হকচাং পুম্বসি
অরা ছইজোং লাংইদো কালেন থাগী লৈরাংগুম
ইপং-পথ চোক্‌থবা— মুতি মুখিং খুদিংগী
মতৌদুগা মায়দে, থরাই অসে ভনিকই।

লুবাওপা— লেপ্লিবসি নমাংদা অতৈ কনা নত্তেদো
মুংশিজবা মহাক্কী পোম্বা ওইগে থরাইসে
খণ্ডপ্রবা লুবাওপা— 'মাংদ লেপ্লমক্কদা
কনা কিরি মহাক্না, ঈরামম্বাইদা চংলসি।

নামোইম্ব— [ভমদবা— য়ান্না রানা লুবাওপদা ছাথবা]

লুবাওপা— পলেম অপোকপী!

[পাখংনা কোৎবা, ছুইমুলৈম চেঙ্গোরকই]

চোকথরবা মশানি, অখুইবা শিভেল লৈনা

লৈথাইদা কেনবঙুম লেকথরকই মদোম
হাম্রফম লাকফম খঙজদে— করি লাইমা লাইঙংনো।
নামোইমুন্থু— পঙেম ইমা লাঙ্গোনবী মমোম ওইরি মওংসি
খঙক্রে করি মতৌনো ইথং থংদ হকচাংসি
তুফক তুফাই ইচন চন করিমতা হৈনিংক্রে।
[ভুইমুলৈমনা নামোইমুন্থুগী মনাক্ত চংশিন্দুনা
য়েংই, মশা পাই, মাম্মা পাখংলম্বদগী
হরাওরকই, মীরোলবগী খুদমনি খন্দুনা]
ছুইমু— ইকাইদবা লুরাঙপা চংক্রো চৎলু ইমুংদা
[লুরাঙপা ইমুংদা চংখি, ছুইমুলৈমগী
মতম্বাক্ত মশা লেকথখি]
সনা মচু মাল্লবা কুচু তাইফেৎ তাইরকপা
চৎপ মঙম শান্দবা হৈনিংনস্থ হৈনিংদ।
[চিংনবদগী সুঙাইরকপা মওং]
সুঙাইজরে হরাওরে,—লুরাং শলাই মুৎলগোই
ইরানম্নাইদা চংহুনা অরা পোথাক্করসি।
[হরাওবৈজ ছুইমুলৈমা, মমৌবু
থাগোমহুনা ইমুংদা পুশিনখি]

—মঙাল শামখিবা—

# ভরুকপ্তবা মতাং

মফম— লৈশ্বুং থোঙারেলগী লৈফম

মতম— নোংম.চুপ্প

[লৈশ্বুং থোঙারেল মাগী ভাংবলদা কমছুনা লৈরি
পোইরৈতোন লৈশ্বুং থোঙারেল নাক্ত চংলক্তুনা খুরুম্মী]

পোইরৈতোন— [য়াম্না চোকথনা চংলকই]
শাবি নঙগী মকাদ করি য়াবা চীঙ্গোইনি ?
ভাইবং' শলাই শন্নবা মালেম খুম্ণোক্লবদি
লম্বী লমথাই অমদা লম্মুক্ক লম্মাংনখ্রে
অউপ্পা উনা লোংন য়েং 'চৎপা খুদিং ভোয়ন হং
ঈভৈম লৈমাওত্তাবী লম্নেন কদোম পাংঙ্গবা
মমাও ওইবা ঐহাক্ক থিকম লাকফম থঙদয়ে।
থোঙারেল— ঙানবা থমজিংকোন মযোম লৈম লৈমাওত্তাবীদি
ভালোই ঐগী অভোনবী লূমলেম অখুবিবু
ইমাও পোইরৈভোনগা থা মালেম ভাইবং পাম্বদা
চাদা নাউদা শল্লুনবা খুম্ণোকমিন্নৌ চৎঙ্গগা
করি কৱম ভৌছনা লম্বী লম্মাংনখ্রিবা ?
পোই— নোংদম্বা কমাই খুংশিম্নো, চীংঙ্ক কমাই থৌইনশিন
মিংয়েং শাংথৈনবিবু চীংঙ্ক থৌদাং পাংবিযু।

থোঙারেল— ঐগী তালোই মরুপী খুঙ্গোল্লু হায়না চৎপ্রগা
কৌব্রু লাইরোকলেম্বী অনিগী মবোম শাহনা
তালোই মাবু য়োক্লগা থাজ য়োঙখবেনে।
পোইরৈতোন— মুংশি কনাই মকাদ তাকপিয়ুদো ইশাবী।
থোঙারেল— কৌবা মপু নিংথৌনা ঐগী তালোই ওইবীবু
নুবাং শামিংলৈব 'পাবি, মুম্মান পোম্বী নুরাওশা
মুংশি মাগী মকাদ থাজ য়োঙখরেদো।
শানৌ ওইবী মহাকপু করি থোয়না থমদবরা ?
মাংলমচংকী থৌদোকপু শানৌ করি কাওবরা ?
খাম্বী মৈত্রেং অয়াব থোঙনেংনবা মতৌঙম
খুরুপ থানা থৌরিবা য়াঙ্গোই শগোল মতৌঙব
অশাও খাম্বী মৈহোই চীংঙ্ ঐবু রাওইদ।
কনানবু শিল্লিবা চীংঙ্ ইতিক খঙহনগে
ইদাইরেম কনা লৈবগে চীংঙ্ মাক্ত চংলকউ।
[পোইরৈতোন থোকখি, খম্নুং রাকনা লৌওনবা চংলকই]
লৌওনবা— চীংঙ্ মঙগী নয়াথং করি তাকপিগদবা ?
থোঙারেল— খম্নুং রাকনা লৌওনবা য়াইথোং শাম্বা নিথেম্বা
ইদাইরেম মঙ ঙসিমক তাইবং পাম্বা পাংন্নুচো।
লৌওনবা— করি থৌদা পিবিবা চীংঙ্ য়াথং ঙাইজরি।
থোঙারেল— খমনুং ঐগী ইপুংয়াই পাখঙ ঙাইতে লৌশংদা
ইখুৎসিনা থারম্বা তাউজিং হৈরাং অথোইবা

উথক্ক পাল্লিডৈনা, হৈরাং ওইনা মপানবা
হৈরাং মচেৎ অসিনা তরা চিন্দমুবনা
পলেম শিকাও হৈরাং হৈ পম্বো পকাও হৈরাং হৈ
তালোই তুকাও হৈরাং হৈ থঙলেন রাকাও হৈরাং হৈ
হৈরাং হৈবু পুরগা নুংবান মাগী মমুমনাক
কৌবরোন নামোইমু শা য়াঙ্গোইরিবা শানৌনা
লৈম লৈনাওভাবীদি ঐগী তালোই অভোনবী
শানৌ মাবু খয়ুংদা হল্লকুবা পাউচংলু।

লৌওনবা— করি য়ারা চীঙ্গোইনা চীংঙ্ পাউথানসিগে।

খোঙারেল— পোইরৈ লমচৎ শিনবীক্ক হায়না খুম্বোকঙ্গা।
চীংঙ্ ঐগী ঈথোদাং পাংথোক্কেদি হায়ব্রগা
করি লুবাং মশাই কা লৈম য়াঙ্গোইরিবনো?
[শাওনা] খয়ুংদা থুনা কুমুকও চীংঙ্ য়াথংনি হায়দুনা
তন্না থুনা কুমুকউ হায়না পাউমেল্লুচো॥

লৌওনবা— চীংঙ্ নয়াথং অহকপা ইকোক নোম্ব লৌজরি
অহুমদি ওইরদা লৈম লৈনাও ভাবীনা
ভাইবং কুম্মি য়াওখিনি মতম খর ভাইখোও
খজিক খাংবা মতাং থোক নদাই করি ওইগবা?

খোঙারেল— ইদাই ঐগী অচানবা খোঙারেলগী য়াথংনি
খয়ুং রাকনা লৌওনবা য়াইখোং শাম্বা মিথেম্বা
চীংঙ্ থোদা নত্তনা নুংবান নাক্ক য়াঙ্গোইবা

ভাইবং মালেম পুম্বগী লংলা মন্নি ভংন অকাও হৈ।
হৈন্নাং মাবু পিজ্জোও থন্নাই মাবু পুন্নকও
ইদাই নভমা ভম্নবা লৈম মাবু পুন্নকও।
লৌওনবা— নদাই ওইবা এইহাক্ক ভম্ননবা পুন্নক্কে
চীংঙু নভগী নম্নাথং হিক্কোককদে কন্নিনোং
পোইন্নৈ মাইগৈ পাংগ্রগে চীংঙু থৌজাল পিবিও।

—খুকম্নগা থোকপি—

—মঙাল শামখি—

INTERVAL

# ভরেৎশুবা মতাং

মফম— হায়গী শঙ্খোংনিংথৌগী মুখ।

মতম— নুমিদাং।

[নুমিদাংনি, নামোইস্থু কমুংদা তুমহুনা লৈরি, মশা ওমদবগী মওংনি। নামোইস্থুগী লুখুমদা লৌওনবা লেপ্লি—ওাইহাক্তী মস্থুংদা য়াম্না কিবা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং অমনা কম্না হুমখি। অতুগী মতুংদা অকিবগী মংথোল থরনা ঙৈহাক থকংহল্লম্মী—Spot Light অতুনা নামোইস্থুগী লুখমদা লেপ্লিবা 'লৌওনবদা' কাপশিল্লকই]

[লৌওনবগী খোঙ্কেলদা]

পোইরৈ লম্নচং শিনবিক্ত তাইবং পানবা য়াইফম
পোইরৈ খুঙ্হোকথরগা পোম্বী নাক্ত য়াঙ্গোইবা
থম্নুং লৈবাক তম্না হলন্নাইরকউ পাউথারকই।
অতুদস্থু নত্তনা— থমথুং মাগী মপুংন্নাই
পাখঙ ঙাইতে লৌশংদ পানবা তাউজিং হৈদি হৈ
থংলেন ব্লাকাও হৈদি হৈ তন্না চিন্দম্ন নবা
তাউজিং হৈন্নাং 'সিমগা লৈম কাদ খুদোল্লকই।
নামোইস্থুগী অরেপ্পা মশক অমা থোন্নকই

বা ঙাংদে—মাগী খোজেন্দা ভসাইগী Spot Light
অদু নামোইনুদা ওনশিনখি।

[মশক লেংনা ঙাকুবা হোংবে]

নামোইনু— [মাগী খোজেন্দা]

করি নুংগী ঐহাক্ত লুবাং মশাইগোনসিদ
য়াঙ্গোইক্রিবমোনে— তাইবং পানবা অসিদ
নুংবান পোম্বী লুবাওপা মাগী থম্মোইনুংদগী
চেক্সরকপা নুংশিবে লোইনাইদরবা ঈচেল
মাগী নুংশি মতৌদা তাইবং ওইবা কনাগী
থম্মোই পানবা কনানা কথোক্তনিঙাই লৈবগে?
চীংঙু ময়াথং অকনবনি, হিক্তোকপদি য়ায়রোই
ঙসি কোরৌ মোংদদি থয়ুং লৈবাক তম্লনি
তাইবং ওইবা হৌনপা শেংন-থায়ন মৈশা লাং
অরা হুইজোক লাংদুনা অয়-খোইনা খাংহৌবা
তাইবং কুমৈ ওইহৌবা করম্নবু য়েংশিবা।

লৌওনবা— [মঙাল অসোমদা] লৈম লৈনাওতাবীও [কৌবা]

তাইবং পানবা পুম্বগী অরা-অনা কাওনবা
থঙলেন বাকাও হৈদি হৈ, তাউজিং 'সিম চিন্দমউ।

নামোইনু— [হৈ লৌহুনা চাই]

তাইবং পানবা কুমৈগী মতোল লোম্বা ভয়মত্রে
নোংদম থিবা মপোক্কী, নুংবান কায়নরনিদো

[লৌওনবা চৎথি, নামোইস্নু ফমুংদা লেপ্লে মাহে
চন্না লৈরি, নোংঙাল্লক্লে হান্নদগী হেন্না নাবা
হেঞ্জিল্লকই, পোম্বী লুৱাওবা চংলকই, নামোই-
স্নুবু মুনা য়েংলি]

লুৱাওবা— নোংদম থিবা মপোক্কি মুংপাল পোম্বী লুৱাওবা
করি মতৌ কৌবগে শানৌ ওইবী নহাকপু
অদো নহে চন্দুনা নোংম নোংমৈ শোম্বরক
ভরা মপুং কানস্নু চিন্নম্লক্লবা কুইরেদা
অপাম্বদি পল্লুনে চানিংবদি হায়য়ুনে ?

নামোইস্নু— শাবী পোম্বী লুৱাওবা পাইম পুক্লিং মুংশিদ
করি লাইবু ওক্লবা লৈরক শাথোবা লাইরা
খোংবান নংয়ানবা লাইর করি লাইবু ওক্লবনা
অয়ো হেদো লাংলিব — বাবভা হেঞ্জিল্লক 'স্নুম।

লুৱাওবা— করি হায়না হায়গনি খনযস্নুদি খঙদরে
করি মতৌ ওইবনো অস্নুক বানা লেল্লিবা ?
থয়ুম মাগী নোংদম্লো শানৌ শেংনৌ-থায়নৌ
নোংদম্বনা ভম্বরা—নোংদম থিবা মপোকনি।

নামোইস্নু— মপোক লাংওন কয়াদ নিংজরকপা মনাওনা
হন্দক মপোক অসিদা মুংশি নঙগী নকাদা
রাইথুংজবা ফংবসি কন্না লাইবক ফরিবা
অহুবু, নোংদম্বনা— চহি কুমওন লানত্রিদৈ

মুংশি করম শেংমনি থঙলেন করম খায়ননি।

—হেন্না হেন্না মাহেরকপা—

পাইম পুক্লিং পুঙমদে অরাবনা শদৌ থোং
মুংশা মনি ফুইম হোন চংনিংলবা থরাইনা
খান্নিংলবা হকচাংনা য়াইবী থরাই মাবু খাম
কয়া য়ায়া খাংখোগে—অরা মৈচাক পুন্থনা
য়েংউ য়েং খু'দংদা মমি শাম ভাক্ত ভাই
মমি লাকপা ভমদরে, শক্তম ফাবা রায়রক্লে।
মোয়্‌ ঐদি শিনিংদে মাইবা কনা কৌবনো
অমগুদি কৌবিয়ু মিহুন-থাহুন য়েংবীয়ু।

[হুইমুলৈম, শক্টোংনিংথৌ অমদি লুবাওপা মামোইহু ময়াদ কমশেন্নহুনা ময়াম পুন্নমক লৈরি। তাজা অসিদা কৌক্র চংলকই]

লুবাওপা— ইমাম কৌবা মপু নিংথৌ ইপা শক্ত লাজোনবা মোয়্‌ ভালোই মরুন্থী, নমোম কৌব্রোল মামোইহু অনা লোইপোং ফাথরে লাইয়েংহন্নি কনাদ।

শক্টোং— মপু নিংথৌ কৌববোল নমোম মামোইহু মাবু অনা লাইওং থংদনা কোকা মোমপা তাইনবা কোরৌ এশিং য়ায়রক্লে মোংম মোংমৈ অন্থুম্মক লাইওং লাইথেং থঙদবা হাপকংলক্লি লেপ্পনা চীংঙ্‌ কনা ভামদাইরগা ইমোম য়াইবী কনগনি

লৌশিং চাউবা নিংথৌনি অমুক্তদি তাকপিয়ু।

হুইমু— মালেম লৈকোই পুংসিদে পাইম পুক্নিং খোয়দাবা'
পারি পোম্বী লুবাংবৈ মুংশি চান্ন ভালোইনি
লাইনা থাবা ভালোইনি কায়নকদে করি নোং
থয়ুম লাইদা থৌনিসি পুন্সি মুংশাং পিনব।

কৌব্রু— মাকলৌরেম নঙবু ভাত্রা? নবাই লৈশক খেকরাইবা
শক্লাইবদি মাইবনি মাবু 'মুক্ত কোকচো
অতৈ কনা য়েংবনা ইমোম অনা ফঙয়োই
লাইনা তমথ্রদি থঙব্রে নত্রবদি ফগনি।

[ময়াম চংহুনা লাকু লাকুনা কৌবরোল নামোইহু
পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ ভানখ্রে
ময়াম পুমমক লাংবৈ, কৈপ্ন]

—লাইট মম্নি-মম্নি, মুংশি মুংশি মৈঙামি—

লুবাওপা— য়াইবী য়াঙদ হকচাংন করি কাম্নে হিংলুবৈ
পুংবা শেম্বা ভাইবংবা নাম লৈহৌ কৈদৌনি
মোম্নু নঙংলাংগীদনক পাখঙ য়াইবী থারগে
মুংশি হৈনা নতুং ইন থম্নুং মাইকৈ পাংলক্কে
কানত্রব হকচাংনা মালেম লৈতাইহৌনন্থু
থাফত্রবা থরাইনা পাইমিন্নসি নোংদোল পক।

[মুঙাইতনা কপ্নগী, কপ্নুবদগী অমুক শাওরকই
কৌবরোল নামোইহুগ শরি পন্দোল লোম্নখি

মুজা মাগী মশুংলাং য়াইবী থাবা পান্মুরোই।
পোম্নী ভালোই মরুম্বী নামোইদুগী থরাইবু
অসিবা পান্নবা লাই চীংগু থোঙারেল কাদৈ
শাগৌ য়াইবী হনবীরকউ নমু ঙাইবং পানসিদা
চহি কুথজা থরদং পানমিন্নজগে চীংগু ও!
কৈগুম্বা ঙাবিরবা মুংবান কনা কিররোই
চুংঙা খুংলাই পাইহনা হাৎনরগে ঙমগে
কোরৌ নোংমা থংসমু মালেম কৈন থংসমু
চীংগু ঙমদাইনরগে মুপা থৌদাং পাংলদে।

[অম্মুম্বা শাওরম্নবা মতুংদা ইমুংদগী চুংঙা
লৌথোক্লগা ঙমাং মথৌবুংদা থৌশাই]

নুরাওপা— পুক্লিং য়াবা অপুম্বা কনাদবু পাউথানি
থন্দুনবু লৈরিগৈ শুঙাইরেদ শরিশোঃ
থয়ুম লাইনা কুবিরে চীংগু থৌজাল লাক্লমি
খুনবি য়াংলিশা—শাবি মুংবান ঐনা থৌনেকে
শবি নোংদা মহাক্তি মালেমদম্মু চাক্লবা
থমুংদম্মু চাক্লবা—অনি ভুনা চৎপনি
শাগৌ কৌবরোল মামোইমুই থরাই থিন্নানচাদবু
চীংগু অসিলাইদি থোঙারেল মাক্ত লৈত্রা
অমুক্তদি থঙবিরকউ, কবিগুম্বা লৈরম্নবা

নুংশি থৱাই মিৱানচা হলৱাইবিৱকউ কায়ৈজ।
করিগুম্বা য়াক্সবা হলৱাইশিৱক্লোই হায়ৱবা
মদাই পোম্বী লুৱাওব চিংঙু মঙুবু কিৱ্রোই
গুৱা চাকপু চাদনা ঙাইৱমগেদি পাউদময়ু।
শানৌ নুংশি মঙ্গংলাং লাম্বেংনগে ঙসিদি
[শাওরিংনা লাঙবা]
চৌংঙু লাইবু গুইসনু চায়নগনি ঙসিদি।
—থাক্লা মোকই —

—মঙাল শামখিবা—

# নিপালঙবা মতাং

## লৈফম— লৈচুং থোঙারেলগী লৈফমনি

লৈচুং থোঙারেল অমসুং কৌবরোল মাঘোইসু [লৈম লৈনাওতাবী] তাংবলদা ফমতুনা লৈরি, হরাও-মীনোক ওমতুনা লোরৈঙে শবি চংলক্লুনা পাউদম্নে।

শবি— খুরুমজরি, হে চিংঙু থোঙারেল অহনবও
চিংঙু নঙগী মফাদ পাউথারকই লুরাওবা
চিংঙু মঙগী মথোংখা য়াঙ্গোইরিবা ন'মোইসু
নোংবাল তালোই মরুস্বীগী থরাই মিরানচাবু
চিংঙুবা নঙনা পুত্রগা কান্নদবা হকচাংনা
অরেম্বদা লৈবদি নুংবান করি কান্ননি ?
শানৌ কৌত্রোল নামোইসুই থরাইবুদি নিজরকই।

থোঙারেল— হৈদাইরেম হে শাবী— চিংঙু ঈপাও তাখোও
নোংবাল তালোই মরুস্বী কৌবরোল নামোইসু নত্তেরে
ঐগী তালোই অতোনবী লৈম লৈনাও তাবীনে
হৈনাও পোইরৈরেতোনগা চৎ শলাই হরেং শেম্নবা
মালেম খুন্থোক্লুবনি— করি নোংবান নহাক্কী
তালোইবুদি ওইগনি— কৌবরোলগী মমোম শা

মোংবান নাক্ত য়াঙ্গোইবা চৗংঙ্ ঐনা উবদনী
পাইশ পুক্লিং লিরৌনা থম্নুং মাকপা লৌওনবদা
থঙলেন বাকাউ হৈ খুত্তাম্নুনা থেনহল্লুবনা
তালোই ঐগী নকুম্বী ইনাক্তবু লৈরেদো।
শবি— মোংবাল মা হঙ্গংচৈ করিগুম্বা নোং 'মদা
কৌবরোল নামোইহ্নুগী থবাই মিররচ নবু
হলবাইকরক্ত মতাংথো চিংঙ্ নঙবু কিরবোই
চিংঙ্ লাম্থেংনগনি ঙম্লে শানৌ হিংসপু
ঙমদ মতাং থোক্লগ শানৌ মতুং ইনগনি।
মুংবান মাগী মতম্মাং চাক ঈশিং চাদনা
চুং-তা কয়া পাইহুনা চিংঙ্ নঙবু ঙাইহৌরি।
থোঙারেল— [শাওনিংনা[ শানৌতোন কনা লৈবগে?
[পোইরৈতোন চংলকই]
নমু তাইবং মীওইনা চৗংঙ্ ঐবু শিংনবা
কৈ ঈত্তিক থংগনি চৗংঙ্ থৌদাং শঙহনগে।
মোংবান মত্তিক লৈবনা নোংদা চিংখন য়াংনবু
লাল শিংনরকপসি মাগা লাম্বা পাবসি
লাইয়াম বাংদ ইকাইএ শানৌ নঙনা চত্তুনা
মুংবান মাগা শোক্লক লুবাং মত্তিক নত্তেয়ে।
পোইরৈতোন— শবি লৈম্নুং থোঙারেল পোরৈ লাল শোক্লব
মত্তিক চাবা খুংলাইদি চুং-তাঙদা পিরিয়ু।

খোঙ্গারেল— শানৌ নঙগী চুংদি খোঙ্গুং মুংনা ওইখোও
তিমেন তাদি পল্লেম 'মা লৈমাইহনবীগী মথুংগু
মোংমৈ শিংজং অসিনা তিমেন তাবু ওইখোও।
থাংনা খিং-খিং খিংথনা মৈতাম অচাক অয়াঙ্গুম
অসিনা শানৌ ওইবা নংনা মথুংগু ওইখো!
পোইরৈতোন— ননাই খৌরাং লোইজরে চীংঙু য়াথং পিবিয়ো!
খোঙ্গারেল— ঐশানৌ নঙনা পাইহ মবুক চেংখোও—
য়ামঙ্গং ননম মুকুনো খোইমা নমাই লৈবা খোক
করিগুম্বা খোক্লবদি শাবি ঐবু ইকাইনি
মহু খুঙনা লাম্থেংনৌ চোঙ্গা য়াবা নত্তেনে॥
পোইরৈতোন— হয়েং করিগুম্বা নোংদম্ব শমাই থক লৈজরোই
চীংঙু খৌজাল হাপ্লিয়ু মোংবান পোম্বী গুমজগে।
খোঙ্গারেল— শানৌ লৈরাং অতোনব গুমজয়কউ শোয়দনা
[মশানৌগী মশা মাম্থবিরে]
শবি মোংদা চিংখনয়াং তয়ুম নঙনা লমজিংও
তয়ুম মঙনা হায় চং পাদয়্‌চো পোম্বীদো
খোঙ্গারেলগী মশানৌ লাল শিংনবা লাকহৌরে।
[শবি খোকখি]

—মঙাল শামখি—

## মাপলঙ্ভবা মতাং

মফম— নোংবান পোম্বী লুরাওবগী মরানম্নাই

মতম— মোংম

[লুরাওপা অশিবা নামোইহ্নুগী খুম্না ওইনপ্না হুণ্ডাইতনা লৈরি]

লুরাওপা— হা মোম্নু ইবেম্মা নোংদম্না কনাই থৌইনশিন
শানৌ ওইবী নহাক্না শেংনৌ খায়নৌ লমগ্র বাং
হা খোয়য়ুম খোঙারেল—নদাইগী রাসি তাবিও !
শানৌ তালোই ইকুম্বী থরাইবুদি হলবাইবিরকও !
ইদোম পাহাং ভরকলৈ, নোংজেংহনবীগম্বুনে
[শবী নোংদা চংলকই]
হে লেরা অভোনবও শানৌ কৌবরোন নামোইহ্নু
থোঙারেল মখোং খাদবু ম্নাঙ্গোইহৌবরনে !

শবি— ম্নাঙ্গোইহৌই মখোংদ—নোংবান নংগী বারম্বু
থোঙারেন্দ হায়জবদা অম্সুম্ন পাউথারকই—
কৌবরোলদি নামোইহ্নু তালোই ঐ অভোনবীনি
ইনাও পোইরৈতোম খুম্হোকপদা ভুং ইনথিবনি
সুংবান তালোই নত্তেংয় ঐ তালোই করম্না

মোংবাম দবু পিগনি, মোংবাম ওইবা মহাক্না
চায়না থোংকেম্নখিসি, লানশিংলকই হায়বদো
চীংডু ঐগা শিংনবা লাইয়াম্নবু মোক্নবি
শামো ইনাও পোইরৈতোম মাগা চায়ন থোঙকেগ্নৌ ।
লুৱাওপা— অমল থাংলেন চল্লিবী নঙবু য়াওবা স্নজানম
তেক্ক লাইহৌই থুংহিগনো মুংবান ইপাবি শাংত্রি
ইমোম কনা ফুইনত্রি মুংবাম ঐনা ঙম্বা থোক
থরাই নঙগী হল্লকউ, ঙমদ মতাং থোক্লে নিং
মুংশি হৈবা তুংইনগে- লাইবক চাংবু য়েংবগে
চিংডু মানা ঙমবরা ননাই ঐনা ঙমবরা ?
[চক্না] মুংবান ইশুমাং সিদা মঙাল নাইনা লাক্লিবা
চাংঙ নঙবু কনানো, নশক মমিং তাকপিরো-
[লাইট থংমম মমলগা অমুক্তা
খঙচাম ভাম্বো করকই, পোইরৈতোন
শুমাং মতোম লেপ্পুবা লানগী
ফিজেৎ চাকচাদা খুৎত খুৎলাই
শুনা পায়হনা লেপলি ]
পোইরৈতোন—থোঙ'রেলগী শামোতোম পোইরৈতোম হায়বা 'ফ্লনি |
মোংবান পোম্বী লুংৱাওপা ইতৈনা লৈনাওভাবীবু
নঙগী ভালোয় মরুপী করম্নবু ওইরিবা ?
লৈবা লৈনাওভাবীদি শাবী থোঙারেল মাগী

ঙানবা থমজিংকোম পোকপা, তালোই মকম্বীনিমে।

লুরাওপা— লৈন্নুং খোংশাং অতোনব মচী লৈন্নুং থোঙারেল
তালোই তুইন মুক্সুদে কৌবা মপু নিংথোগী
মদোম শাংপী মমোমলোই লাইরোলেম্বী পোকংবী
কৌবরোন মাযোইগু কৌবীবু কৈজিং থরায় পুহনা
লুহোংহনা লৌজবা ঐগী তালোই ইকম্বী
চীঙ্ থোঙারেল মঙগী তালোই করম ওইরিবা!
[শাওনা] থঙনি লৈন্নুং মীনম্বা স্নুংবাল ঈতিক থংউদো।
নংগা ঐগা চায়নবা মতিক মপা চাদেয়
চুংঙা খুংম্নু খুংলাইশু লৈবাক্তবু থমউদো
খুংন ফংনা লাক্লগে অঙম অঙম চায়নগে
পোইরৈতোন ১ম্বুং লুরাওপা ঙম্ম ঙম্নবা
লাক্লয়ে। কোয়ৌ হমান চুপ্পা লাক্লয়ে
স্নুংবাম পোম্বী লুরাওপনা থয়ুব মাগী
মোংদমথোল হুমনি চানবা হুমিত্তা লাকথৈ
লাক্লয়বা মতু দা পোইরৈতোনবু নমহুনা
স্নুংবাম মঙমাংদা পায় লানগা শারে
শমু ছুংদা লৈমা থৌহ্ স্নুংনা নন্দুনা থম্লে।

লুরাওবা— পোইরৈতোন মঙ ঙসিদি ঐগী ছয়েন ইরালনি
কৌবরে লগী হাওশিং মংখিন রাংলেন পুংবৌবা
মাইবী নঙগী থরাইবু স্নুংবাল ঐনা লৌগনি।

পাইরৈতোন— [য়াম্না বাদা]

নোংবান পোম্বী লুৱাওব 'য়াম্বা খোঙারেল 'কাদা
সুংবান নঙগী মতমাং চাদ থক্ক করিমত্তা
থৌহ সুংমা নন্দুমা য়ানা মতম লেপ্লিদো
কৌবরোল মযোইঙ্গু থয়াইবু হনবিরক্লো হায়দুনা
শবি মোংদা চিংথনমাং চৌংঙু মাপী মকাদা
ঙয়া করি চাদংদ লাইজ ঈৱিক ইয়োংদ
কোরৌ শিংবুম হমনিদি লেপ্লক্লেনে ঙাশীয়ু।

—মঙাল শাবণি—

# অঙোইবা লৈতাং

## হাসগী মকম— লুৱাওপগী মরাময়াই

কৌবরোল মাখোইশুনা মচি অমদা খাংঙেন্দুনা
লৈরি, মায়কৈ অমদনা পোইরৈতোন অমসুং
থোঙাক লকাবা অনিমক শুংনা মন্দুনা লৈ
অছুবু থোঙাক লকাবগী মশক্তি উৎলে।

লুৱাওপা— লৈমুং নচিল ননাওনা তালোয় ইকুপী মঙংলাং
ছয়েন মঙ্গায়ান ওইনরে কুয়াও হক্তা চনশিল্লে।
[অসুমনা লৈরিবৈঙদ অতকপা নোংলৈ মু শিং
অকনবা অমা শিংচিল্লকই, নোংথক্ত পুমঙোল
তানথোরকই- লৈমুং থোঙারেলগী মশকপু।
মঙাল অমনা তাক্লবা হোংলৈ]।

থোঙারেল— হায় পোম্বী লুৱাওবা থোয়মা নমায় লৈগনো!
য়ামজেম মনম মুকানো ইন'ওগী লমন খুমলগে
তাইবং মাপল কাবদি য়াকবী থরাই খাররোই।

লুৱাওবা— মুংবান ঐগী ইতম্মাং কোরৌ মুমিং লিশিংঙম
মঙাল মায়মা লাক্লিবা চৌংওু মঙবু কনানো?

থোঙারেল— মালেম লৈকোয়রেম্দগী ঐনি থুম্নং খুননিংথৌ
চৌংওু ইশানৌ অনিবু কোরৌ অম্মখাং খাংন

লাংবন আশা লুংনা করি ঙ্গংগী থমলিবা
সুংবান মওবু চায়নদে থুনা য়াংনা খোক্কও।

লুবাওশা— [থুকমজঙ্গ্রা]

হে থম্মুং শংবা, থৌম্ম সুংপাকমক্ত দ
লিচৈ তোয়ানগুনা থমলৈ মিঙা খোপ
শরেন মীতংলাংবু তেমহৈবা চীংঙ্ও
তাপ্লোই তুমকখাইহুনা থংলেন রাপুক খাইবস্থুং
মালেম লৈখোং কায়রবস্থুং তেমখিনবা চিংদি চিং
স ম মখোংখাতবু ইমিংসিন্না উবা ফংজরে
হে খোয়মোম লাইনিংথৌও—
নদাইরেম ওইবা ঐহাক্না চাম তালোই ইকশী
লাংলেন রাপুম খাইগুম্ব করম খায়নৌ হায়বনো?
পোইরৈ শিদা হৈ বাঙম মাদাহৈবু লনকুবিরম ও
সুংবান থুম্লিংবা ঙ্গিঙ্ নথৌরালগী ফংনগে।
পাহাং মোংঙো ওইরম্রি থুম্লিংবা ওমজরোই।

খোঙারেল — সুংবান মীন নহাকপু চায়ন খোংকেন হায়নমি
হ মনা শবি নোংমনি চৌংঙ্ লানশিন্নবপা

করি শাথায় লৈবনো থুনা য়াংনা থোবকও।

লুরাওপা— নদাই ঐবু ঐম্বুং পাঙ্গা নোংজং ওই
পানগদগী শরুকপুদি চীংঙু নতুং ইলগে,
ভাইবং পামবা অসিদা নদাই ঐবু থজাবো।

[ য়ায়া কয়া লাওনা থম্মোয় শোক্লা বাকংলি ]

থোডারেল— পাব্রি নুংবান পামিংনবা মপান্নি লুরাং পোনবী ও
চীংঙু ঐবু শকথরলে চীংঙু শকথঙ নিংবনা
ইদাই নংবু কুবিগে পাইম ফুংদ থজক্লে
নিংথৌ মহারক ওইবা মোংবান নওবা কংক্লোও
নওগী তালোই কৌবরোল নমোইন্নুদি তু মুংশি
পোইরৈ চানি শিদয়েল শিরবন্দু পুমদয়েল
শাম্বোং ভাইনয়েল অসোম শিংজ্রয়েনবু
শমু নখুক্ত শিন্নবিরনি শোয়দা হিংগৎলগনি।
পোইরৈ শিদয়েন শিরবন্দু পুমদীয়েল
শাম্বোং ভাইনয়ে অংথাম শিংউংয়েনবু
শমু খুংতা শিন্নবা শোয়দ হিংগৎলগনি

[লুয়াওপা নমোইন্নু হিংবা উরকপা থোংরেল ১মুং
লকাবা থাদোকই]

লুয়াওপা— [খুরুমজরদুনা] মদাইরেম ওইবা ঐহাক্না
মমু ভাইবং ওইবমা পংলুদুনা তৌজবনি,
খোইমা পুক্কিং ব্রারৌবীন্নু। [মতাম ওইনা মাংখি অচুম্বক]
নমোইন্নু— শাবী ইবুংঙো মুংশিবা মুংশি পম্নুমেজংরগে।
লুবাওপা—শামৌ মওবু মুংশিবী পোম্বী থরাই ওইরিবী
[কোমশিন্নৈ]

লাইট ওফ

— লোইরবা—